# অঙাঙবা ঈশিং




হাওবীজম চনু প্রেমা



মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফাল

এসেমব্লি রোদ, ইম্ফাল।

# ANGANGBA EESHING

*(A collection of 57 Manipuri poems)*

*Written by : Haobijam Chanu Prema*




*Published by* : Thoudam Netrajit
on behalf of The Manipuri Literary Society,
Imphal
Assembly Road, Imphal-795001, Manipur

*First Edition* . 2007

*Cover Design* : Th. Dinesh
*No. of copies* : 1000 (One thousand)
*Price* : 75/-

Printed at: I.B. Offset and Printers, Paona Bazar, 'mphal, Manipur

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি ইং ১৯৮৫ দা লমদমসিগী সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবা নহা ওইরিবা অইবা অইবীশিংনা পূনশিল্লগা শেমখিবনি। ঙসিদি সাহিত্য একাদমি, নই দিল্লিনা শকখঙলবা সাহিত্যগী সংস্থাননি। মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল পুথোক্লবা সোসাইটিনা হোৎনজবগা লোয়নননা মতম মতমগী সাহিত্য, সংস্কৃতি, মরী লৈনবা থৌরম কয়া লেপ্তুনা পাঙথোকচরি। থা ৬/৬ কীওইবা 'সাহিত্য লৈচল' মিংথোনবা চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা পুথোকচরি। সাহিত্যগী লমদা চঙশিল্লক্লিবা অইবা অইবীশিংবু পূক্লিং থৌগৎচরিবা সাহিত্যগী সংস্থাননি। সোসাইটিগী মেম্বরশিংনা ইবা মগুন লৈরবা লাইরিক্তা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মনা কয়াসু ফংগ্রে।

ইং ২০০১ দগী হৌনা লমদমসিগী মগুন লৈবা সাহিত্যগী লাইরিকতা চহী ২/২ গী ওইনা পীবা 'সেরাম মুক্তা শেলগী মনা' সু পীদুনা লাক্লি। ঙসি ফাওবদা সোসাইটিনা লাইরিক ৩১ ফোঙখ্রে। ৱারীমচাগী লাইরিক ৭, শৈরেংগী ১৮, ড্রামাগী লাইরিক ২, উপন্যাস ১. নৈন-ৱারেং ২ অমসুং লমকোয় ৱারী ১নি।

হন্দক পুথোকচরিবা হাওবীজম চনু প্রেমাগী শৈরেং লাইরিক "অঙাঙবা ঈশিং" মিংথোনবা অসিনা সোসাইটিনা ফোঙবা ৩২ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি অইবীগী ওইনদি অহানবা খুদোলনি। অইবীগী খুদোল অসি অপাবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা শিন্নজবি।

ইম্ফাল

২৭-০৯-২০০৭

মায়া নেপ্রম
জেনরেল সেক্রেটরি
মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি
ইম্ফাল।

# শৈরেং লাইরিকসিদা

হাওবীজম চনু প্রেমাগী শৈরেংগী লাইরিক 'অঙাঙবা ঈশিং' অসি ইহান হানবা পাবা মীশক অমা হায়বদু ওইজবা ফংজবা অসি য়াম্না নুংঙাইজে। মহাক্কী শৈরেং খরদি মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটিনা পাঙথোকপা থৌরমশিং — ১৩ ওগষ্ট অমদি ১২ দিসেম্বর নুপী লানদা তাজবা ফংজখ্রে। মতমদুদগী খনবা হৌখি অঙাং অসুক ওইনা অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসি করম্না লাকখ্রিবনো ? সাহিত্যগী ছাত্র অমনি, এম এ মণিপুরী তম্লি, মমান্নবী কয়াদি খোইদাজবা কনাগুম্বগা শোয়দনা নুংশি মীৎচানরমগনি। মহাক্তি লিফৎ লিফৎ সোসাইটিগী ওফিসতা লাক্কনি অদুগা সাহিত্যগী থৌরম কয়াদসু কোয়চেন চেন্দুনা থবক তৌরমগনি। পূক্লিংদা ইতোমতা খনখি ঙাওবা মান্নরুবদুনবু ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লরিবনি, মতম মাঙলরিবনি, পৈশা তিংলবিবনি। মহাক্কী শৈরেংশিং অসিদা নুংশি-মীৎচানবগী মীনোক অমত্তা উবা ফংদে। তাবদা পেলহৌদবা ৱাহৈ কয়া লাইরিক ওইনা পূন্না পাবা ফংলে অইবীসিগী ইহান হান্না পুথোকচবা লাইরিকসিদা।

পূন্না শৈবেং ৫৭ য়াওরিবসিদা 'নঙগী প্রেমগীদমক', 'হল্লকখিদ্রবা ঙামী' হায়রিবা শৈরেং অনী অসিনা খজিক্তং শাংই। অতৈ শৈরেংশিং তেম্তকপা শৈরেং ঙাক্তনি। য়াম্না তেনবদা পরেং ৫ দগী ১০ ফাওবদা ফোঙদোকপা য়াওরি। শৈরেং খূদিংমক পাবদা নুংঙাইবা, ৱাখল খম্ভদবা য়ারক্তবা য়াম্না য়াওরি। অতেনবা শৈরেংশিং অসিসু শাফু য়াম্না লৈ। অঙাং ওইজরবসু অহানবা শৈথা ওইরবসু অইবীগী মীৎয়েং য়াম্না পাক চাউনা কোনশিল্লি। মণিপুরগী ফীভমশিংদগী লাম্থোকখিদুনা ভারত অমুকসু ভারতকী ৱাংমা লান্না পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা থোক্লিবা পামদ্রবা থৌদোক ৱাথোকশিং উশিন্না য়েক্লকই। অইবীনা উরিবা শক্তম অসি মালেমগী ফজবা নত্তে, সাহিত্য নৈনরোয়শিংনা পেসিমিসনি হায়নবা অশোয়বা অরানবা কয়া অমবু উরকপা মীৎয়েংনি। অদুনা লৌখৎলিবা ঈরম খূদিংমক্তা ৱাহৈ অমমম লোয়নরকই।

অইবী প্রেমানা লৈত-লায়র মবুক শিংলবা মীয়ামগী অৱাৎপা য়েংদবা ঙম্লক্তে, মখোযগী খোল্লাও তাদবা ঙম্লক্তে, খুঙ্গংগী চম্লবা পুন্সিশিংবু উদবা ঙম্লক্তে। মসিনা মহাক্কী শৈরেংগী থৱায় ওইরকই। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী অৱাৎপা মরক্তা মখোয়গী অপূনবগী শক্তমদা শীংনরকপা অমদি মণিপুরনা মচেৎ তাখিগদৌববরা হায়বসিগী নুংনাংজবা খোঞ্জেল য়াম্না মকা ফোংনা ফোঙদোক্লি।

মহাক্কী শৈরেংশিং অসিদা ইন্টিগ্রিটিগী ফজবা শক্লোন শাগৎতুনা মতম অমগী ঈং তম্লবা মণিপুর হায়বদু ওইহন্নিংলকই। অদুনা ডাকুনিংথৌ হিরা, থাঙ্গাল মখোযবু নৌনা হিংগৎহন্নিংই। ইলিজি শৈরেংশিং অসি তেংথা শৈরোল ওইরবসু চপ চাবা বোমান্তিক মতমগী ইলিজি অদু নত্তে। নৌনা থুগায়দুনা য়েংলকপা ৱাখলগী খোঙচৎ

অমনি। অদুনা তসলিমা পুথোক্লুনা অমদি চরা হেল্লিবা শর্মিলাবু মশামক্তা পানশিন্দুনা য়েক্লকই।

রোমান্তিক পেরিয়দসু নত্তবা মোদর্ন পেরিয়দকী পুমহাং হাংদোকপসু নত্তবা ৱাখলগী খোঙচৎ অমা মোদর্ন মতুংদা য়ৌরক্কে হায়না ক্রিটিকশিংনা থাজনবগুম মণিপুরী সাহিত্যদা মসিগী মমি তারে হায়না লৌনবসু লৈরে। অমরোমদা, নুপাশিংনা মখোয়গী সাহিত্যদা নুপীশিংবু ফিদম ওইবী, অমুক্তা ৱাথোক চাউবী, পুকচেল লেপ্তুবী অসিনচিংবা মখল কয়াদা য়েক্লরম্মী। পুম্নমক অসি নুপী অইবীশিং লাকপদগী অশেংবা নুপীগী মশক অমা উৎনবা নুপী মশা মশানা হোৎনজরক্কে। প্রেমাগী শৈরেং অয়াম্বদা নুপীশিংগী নুংদা চঙশিন্দুনা য়েংলকপা মীৎয়েং সমাজনা নুপীদা পীরিবা ফিদাদা য়ানীংদবা ফোঙদোকপা য়াম্না য়াওরি। মণিপুরী নুপীশিংগী শূবা-নোম্বা কনবা, লালহৌবা নমথবগী মরুমদা নুপীবু ওৎপা মদুগীদমক লৈবাক শীন্না খঙনখ্রবা ফি থোংদবা প্রোটেষ্ট, নুপীনা নুপীবু হস্থনা লৌবা, মমাগী মফমদফাও মচা অনীদা জেন্দর বায়স লৈনা য়োকপা য়াম্না কুপ্না মীৎয়েংদা পুথোক্লুনা নৌনা মমল থিবকই। অইবীগী নুপীশিংদা য়েংশিন্দুনা থম্লকপা মীৎয়েংদা মণিপুরী নুপীশিংদা য়োহ্লিং ফলাং চনশিনবা উবা ফংলকই। শৈরেং অসিদা ফেমিনিষ্ট অইবী ওইনা উৎলি। *"নীঙঙমদ মীৎলু পীরাংলক্তা/শিঙমদনা শিখ্রবী/মালেমগী নুপীশিংগী পেন্দবগী ৱাকৎ ময়াম/শত্তাইনবগীদমক/..."*

হীরম কয়াদা অইবীনা খুৎ থাদুনা পুথোরক্লিবা শৈরেংগী লাইবিক্লি। অনৌবা ৱাখল পবিং অমদা হান্নগী লৈবম্বা চৎনবীশিং, ৱাখল্লোনশিংবু থুগায়দুনা পোষ্ট মোর্দনিজমদা নকশিন্না চৎনবা হোৎনৈ। অদুবু ৱাখলগী শান্তি পাম্লকপা মীকুপ্তুদি রোমান্তিক ওইবা মূদসু যাওবকপা থেংনৈ।

কা হেনবা ইমেজরি শীজিন্নদ্রবসু পুংচম চন্নবা লোনদি নত্তে। মতাং মতাংদা মেটাফর, ইমেজরি চান্ন-চান্নবা হাপ্তুনা শৈরেংগী ফজবা হেনগৎহল্লি। সিম্বোল ওইনা পুথোকপসু থেংনৈ। শৈরেং খরদদি মেটাফর ওইনা পুথোবক্তুনা ইশেং শেংনা অচুম্বদু করেম্মনা উৎলকই। *"শোক্লরিবা মখূৎ অনীসি/কয়া চেৎনা পায়নরিবা/মুন্না অমুক্তা য়েংহৌ/নোকপদি নোকশিল্লনুকো/নাকলদ য়েপ্পবিবা থাঙশিংসি/ইকাই খাঙ শৎতেক্লক্লবদি/ঈ চোংনি ঐখোয়সু।"*

নৌরিবী অইবী অসিগী শৈরেংশিং অসুম পাথরুবদা লেপ্লিংদে। নুংঙাইনা থোকই। করিগুম্বা শৈরেং খরদদি অকনবা ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাখলগী ফিবেপ লৌরকপা থেংনৈ। নহা ওইরিবী অইবী অসিগী তোঙানবা ফিবেপ লৈজরি। তুংদা ফজবা শৈরেং কয়া পুথোবকপা ওইসনু। আশা লৈরিবী অইবী অসি মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙ থাংজিল্লকপদা থোঙ লাউনা হাংদোক্লুনা থম্বীফম থোকই।

ইম্ফাল

২৭-০৯-২০০৭

ডাঃ কোইজম শান্তিবালা

# অইবীগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্যগী মচল ওইনা ঐগীসু শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙবা ওমজবসি লাইবক ফবনি। ইনিংবগী ঈহৌল লাকপা খুদিংদা খোৎচিনজহৌবা অমদি থৌওইনা ইগে য়াওনা ইখিবা শৈরেংশিংনা ওসিদি লাইরিক অমগী শরুমদা লেপ্লবসিমক পুন্সিগী অচৌবা মঙ অমা মঙফাওনরকপনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংসি ক্লাস টেন তম্লিঙৈদা ইখিবা শৈরেং অমখক নত্তনা অতৈ শৈরেংশিংসিদি কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিগী পুন্সিদা ইখিবনি। পাউচে, চেফোঙ, মেগাজিন্নচিংবদা হাপচল্লবা অমদি এ. আই. আর. ইম্ফালদা পাথোকখ্রবা শৈরেংশিংবু লাইরিক ওইনা পুথোকপসিদা য়াওহনবা য়ানবগী অয়াবা পীবিখিবা মরী লৈনবশিংবু থাগৎচরি।

শরুাইরবা কবি তামো থৌদাম নেত্রজিৎনা লাইরিক অসিবু মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফালগী মিংদা ফোঙবীবগীদমক অমদি সোসাইটিনসু পূকচেল চাউনা যাবিরকপগীদমক ওমখৈ লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইরিক অসি ফোঙজনবগী লমজিংবিখিবা ইবুং ও সি মৈরাগী লমনসু তোনশিঞ্জরে।

ঐগী শৈরেংশিংবু পাবীদুনা অশোয় অরান কয়া চুমথোকপীখিবা অমদি মমল য়াম্নবা পাউতাক কয়া পীবিবকখিবা মিং ওইনা পঞ্জববদা ঐগী ওজা এলাংবম দীনমণি, ওজা থংজম ইবোপীশক, ওজা শরতচান্দ থিয়াম, ওজা দোনেশ্বর কোন্সম, ওজা প্রহ্লাদ শর্ম্মা, ওজা রাজেন খুমুকচম, য়াম্নুং রা. কু. জিটেন্দ্র, ওজা নবকুমার নোংমৈকাপম, মরূপ ওকেন্দ্রো খুন্দোংবমনচিংবগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিনবা হায়জরুবদা হরাওনা য়ানিনবখিবী ওজা ডা. কোইজম শান্তিবালা অমদি লাইরিক অসিবু অথুবা মতমদা পুথোক্নবা অরা এনা শিংদনা হোৎনবিখিবা আই বি ওফসেট এণ্ড প্রিন্টর্‌সকী প্রোপ্রাইটর তখেল্লম্বম বিরলাগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিকসি নুংশিনা লোয়নবীনবগীদমক পাবিরিবাশিংগী মফমদা খুৎশিন্নজরি।

ইম্ফাল
২৭-০৯-২০০৭

হাওবীজম চনু প্রেমা

# য়াওরিবশিং

# পালি লাক্লবদা

কপখিবগুম মহৌশা
লোক্তাক লাইরেম্বী ঈমানা
মাগী মচাশিংগীদমক।

ঙসিদি অমুক কপ্লকলে
টিপাইমুখ লমদম্না

নমদুনা খোঙ্গুল মুৎহনবীখিগদৌরব
মচাশিংগীদমক
ঈরাক্লদুনা শিহ্নবীগ্রগদবা
থরায় কয়াগীদমক।

# তাজমহল

তাজমহল,
ঐনা উরি ঙসি
নঙগী নুংঙৌগী ফজকাংদা
অঙাঙবা ঈখেং শিন্থবা।

শারবা নুংশা মরক্তা
লুপ্নবা নুংজাও হোন্দুনা
শাংল লম্বী লমশাং চৎখিবা
শিল্পীশিংদুগী হৃমাং ঈরিক
কারি ঙসিসু
নঙগী নাপলগী মায়থোঙদা।

ফনা তমজদুনসু নঙনা
অশেন্বা পিরাংলক্তা
নথানুংদা য়াতারিবা
লৈমা নিংথৌ অনীগী
'নুংশি খরী'
ঐ কপ্লরোই মখোয়গীদমক।

ঙসিদি তাজ,
থাবলগী অহিংসিদা
নঙগী মীৎ থক্র' শক্তম্সি
উরক্লি ঐনা
মপৈ অমা ওইনা
শরন্ন পোলাংশিংগী।

# লাম্হোঙ শীনবা

নুংথিল চূপ্পা
ত্মার শান্নরুবা বোয়াই
য়াচঙবদা,
ফমুংদা কাখৎ হিপখি।

চাকঙন চারগা
ঙানপ ফাবা চৎখিবী
তম্ফা,
লৈকাই মচন-মচেমশিংগা
মীহুন চেনগাননা
পাংলক্লি থংলেন মরানয়াই।

থোঙজিনপান্দা লেপ
ঙাইহরি মচানুপীনা মমাবু।

খন্নন লাঞ্জাও অমগী
অকামপেৎ থিবদা ৱারদুনা
তোয়না য়াওল্লি বোয়াই।

কোম্হোং লানশিল্লকপদা
মমানা
থোঙজিন কাম্হোকখি
মচানুপী।

# তসলিমা অমসুং ঐ

তসলিমা,
লাকনিংখিবনি ঐসু
নঙগী ননাক্তা,
য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনশিল্লবা
নঙগী চুঙ্গোয় ওইনবগীমক।

ৱাশকখিবনি ইতোমতা
অনীশুবী তসলিমাদো
ঐনা ওইগনি।

অদুবু নসরিন,
ইখোঙসু ইখৃৎসু
চনবীখরে য়োল্লিং ফজাং।

ঙসিদি ঐ,
নঙগী নতেং নিনিংলক্লে
য়ৌজরক্লবগীদমক ননাক্তা।

# শান্তি হঞ্জিল্লক্রে

লান লোইখ্রে
শান্তি হঞ্জিল্লক্রে।

য়েংউ,
লাওলম্বা-নিল্লম্বা
বোমগী, তোপকী, নোংমৈগী
নেমথখ্রে মখোল ওল্লমক
ইচীক চীক্রে ওসিদি।

তারিবা খোঞ্জেলশিংসিদি
লঙজা-ক্কাক্লা
খোংজবনি হরাওনা,
তেংথারিবসিসু
কপচবনি চুম্না
মপাং শেৎনখিবগী
মচা কায়নখিবগী
কপচেৎপী নুপীশিংনা।

অদুবু হৌনশানি মসিদি
লানগী পোলোইগী।

অদুননি,
ঐনা হায়বা ওল্লিবসি
লান লোইখ্রে
শান্তি হঞ্জিল্লক্রে।

# অঙাঙবা ঈশিং

য়ুফ্রেটিশ তুরেলসি
চেঙ্গরম্বনি লূরবা লাইজ্ঞ।

অদুবু ঙসিদি
নমদুনা চেলহন্‌বীরে
মীনুংশি চাউবা
অমেরিকান লাম্নীশিংনা
অঙাঙবা ঈশিং।

ইরাক্কী নুপী !
মায়খুম হাংদোক্লবীশিং
ঈশিং পুন পায়দুনা থোরক্লি
শোকহৌনবা অঙাঙবা ঈশিং
খূজোক অমত্তা ওইরবসু
ঈরুজবীনবগীদমক্
পীক্লিবা মচাশিংবু।

# ইন্টিগ্রিটি

ফম্রি,
মী অনী
তুং ওহোক্লদুনা।
হন্না য়েংনদে
ৱারীদি শানৈ
নুংশিনবগী, পূনশিন্নবগী
চান্ন-চিন্না লৈমিন্নবগী।

ৱারীদু,
লোইবা নাইদে
খোঞ্জেল হৌগৎনরকই
হেন্না-হেন্না।

অদুবু,
ফম্মিন্নরিবা অনী
মমায়দি থক ওনশিন্নদে।

# ফাদোকশঙ

হৌনবীনি খুন্নাই নঙগী
য়ুম পানবা।

অদুবু,
কিরে ঐদি তশেংনা
অনৌবা পুন্সিদু।

নীংতম্বা ফংদ্রবা মপোকসে
লেল্লুগনি খনবদা
ফাদোকশঙ অমদা।

# ঐ ঙস্নোই

পিবুকনুংগী ইচাসি
ওইরক্তসনু নুপী
কায়হন্দসনু ঐবু
সতী ধর্ম্ম।

মীৎনা উবা লাইগুম
নীংজদুনা ইপুরোয়ববু
ইল্লকলবসু ময়াথং
মতম চুপ্পদা,
ঐ ঙস্নোই হাৎপদি
সতী খুভম ঙাক্লবা
ইপুকথোক্কী ইচাবু
মপাগী য়াথং তুংইন।

মরমদি,
ঐ মমানি
ঐ নুপীনি।

ঐ ঙস্নোই ওইবা
মচা হাৎপী মমা
মশা মাঙহঞ্জবী নূপী।

# মমাগী নুংশিবা

বা-বা লাউনরকই
কৈথেন কাখিবী মমা,
চেনখ্রে নুপা অমদা।

য়ু ঙাওবা মপা
থাঙ পায়দুনা চৎখি।

অদুবু,
পীক্লিবা মচাশিংদুদি
লাওতল্লবা মীৎয়েংদা
ঙাইহরি কোম্বোংদা
মমানা হল্লকপা।

# নোংমৈ মখোলদা

তারিবা খোঞ্জেলসি
নুংশিবা ঈশৈ নত্তে
নোংমৈ মখোলনি।

অদুবু ঐ
তাদবদি য়াদ্রি
তানিংবা ঈশৈগুম
না থাঙ্কহৎতুনা।

# নিজবা

শীবীন্দ্রবসু,

নীংতম্বগী নুংঙাইবা
হিংলিঙে পুন্সিদা,

হয়েং শিবদদি
নীংতম্মা শিজগে।

# মেনশ্রবদা

হায়বদি পাম্বনি
হায়নিংবা পূম্বা
ঙাঙথোকপদি পাম্বনি
ঙাঙনিংবা পূম্বসু

অদুবু মেনশ্রবসিদদি
নোংমৈ চীন্দোম্না
হায়নিংবা পূম্বা
হায়বা ঙমদ্রে।

# ঙরাং অমসুং ঙসি

নাপচিক্কী,
ইম্ফাল তুরেল খোংনুংদা
হোআবিনহ্যান চনু অমা
ঈশাইফু
মখোঙ অহুম পানবা
থাদা পম
লাইজ ঈব্রানবা কুমথরকই ।

ঈরাংমদা
মতমগী নুজ্জা অমা
সনাবুল য়েপ
য়েংলি
মমীৎ লাওথোক্লদুনা
শাতু শেংপীদুবু ।

# শান্তিগী ৱারী

তুমিন-তুমিন লেপ্লিবা উপালশিং
ঐদি নখোয়গা মরূপ ওইজনিংই ।

করিগুম্বা,
নখোয়না মীরোল থোক্লম্বা
ঐনা কয়া নুংঙাইরমগদবা ।
চীরোন হৈবা মীওইবা
লৌনম চাউবা মখোয়গা
কিজে ঐদি মরূপ ওইবা ।

অদুনা,
ঐ লাক্লিবনি নাথৈদুনা
চরাংনরবা মফমদুদগী ।

উপাল-ৱাপালশিং !
ৱা ঙাওলকউগবা নখোয়সু
ঐ লাক্লি,
নখোয়গী মরূপ অমা
ঐবু তরাম-তরাম কৌবীয়ু ।

তাইবঙ মীরোল কিবরা নখোয
চীরোন হৈরক্কনি পাখৎপরা ?
নহানমখৈ খল্লুদে,
ঙসিদি খঙলে
নখোয় শান্তিগী লাইরেম্বীনি ।
ফরে,
ঐসু ৱা ঙাওলরোই
মরূপশিংগী অচিকপা থুগায়বরোই

# নঙগী মতম লাক্লে

তাকুনিংথৌ,
নঙগী থৌনা
নঙগী কখোকপা
নঙগী ইমা নীংবা
নঙগী নচা চানবা
করম্মা কাউগনি
নঙবু খঙবা নচাশিংনা ?

সনা তাংবল থৌওইখিদবা
নিংথৌ ফম মিকাখিদবা
য়েক্লবা মফমদা
মৈতৈ থৌনা উংখিবা
হিরা,
হল্লকলোগবা ঙসিদি অমুক
চীক্লবা চীংনুংদুদগী
নঙগী মতম লাক্লে
লমজিংবীরয়ো পঙল নচাশিং ।




# খোইহি য়োনবী

খোইহি য়োনবী ইমাদু
শগ্রবা নুংশা মরক্তা
থোঙ্গাল খূদিং লাউরি
'খোইহি লৌকেরা,
খোইহি লৌকেরা ?'

শম পুবী ইমাদু
কাথেকপমখৈ শারবা নুংশাদুদা
হুমাং শিঙ্না চৎলি
খুঙ্গংগী য়ুমথোঙ অমদগী অমদা
খুনকোক্তগী খুনদোন তম্না ।

কালেনগী নুংশাদা মুঙ্থরবা
খুঙ্গংগী অঙাং-অহল পূম্বদি
হুমাংনা লূপ্লবসু
নুংঙাইনা তূমখুন হুন্নরি
কনামত্তা থোক্লরক্তে
খোইহি লৈহৌগে খাম্লক্তে ।

অদুবু ইমাদুদি
লেপ্তুনা চৎলি হংল-হংলদুনা
মঙম শান্দ্রবা খোঙথাংদা
'খোইহি লৌকেরা,
খোইহি লৌকেরা ?'

# থাগী লৈমায়দা

থাবল ফরবা অহিংসিদা
থাজ মাবু য়েংদুনা
ফন্নিবসি ঐনা তুমিন

ঙাইবা নত্তে
কনাগুম্বী নুজাগুম
চান্নথোইবা কনাবু,
মৈচাক খাঙলিবসু নত্তে
শেংন-খাইনখিবগী।

মঙলান্দা নত্তনদি ওইথোক্রবোইদবা
খোঙচৎ অমা চৎলিবনি ঐ
তূমদনা মঙ-মঙদুনা

থাগী লৈমায়দা।

# ব্ৰাকৎ

অনাবগী ফমুংসে
লানফমনি ঐগীদি,
মানি ঐ
লাহেংনরিবী লাম্নী ।

বাপুজি,
নঙনা হেনখিবা চরাদি
শুপ্নগী কোয়ৌ শীংবুম খরদনি ।
খঙলক্লোই অদুনা
কয়াম ৱাবা
নঙগী সত্যাগ্রহনা ?

হায়নবতাই নঙবু 'জাতিগী মপা'
ইল্লুবনি অদুনা পল্লৌ খুদুং ।

বুদ্ধ পোকখিবা লমদমনি
গান্ধী শায়োনখিবা মফমনি
অহিংসা সত্যাগ্রহ লৈতেংলিবা
শান্তিগী পাউজেল চেল্লিবা
ঐগী ইমা ভারতনি
খল্লুবনা ওইনজকবান ।

কুমজা কয়া ওইরক্লে
'মৈতৈগী হাওর' শংলৌ মখেল
নুজা ঐনা য়াতংলক্তবা
নিঙোল চাক্কৌবা কয়া হৌখ্রে
নিঙোল ঐনা তরা চারক্তবা ।

মথোৎ কারকপা পুন্সিগী
নুংঙাইবা পূন্না মীরাইরম
ঙাইরি ঐনা ঙসি
হিংবগী দাবী তান্দুনা
অশি পূংফম
নীংতম্রবা
নঙগী ভারতকী লৈমায়দা।

# নোক্নি মাদি

খম্বন মৈখুনা কূপ্
শোক্লরিবা
লোন্নবী নখোয়গী লান
লেপখো অমুক্তদি।

খুদুম চেংনা পায়নরিবা
শম্লাং থাদোক্লখো
তোকখো চীন কাওজৈদুসু
য়েংখো অমুক্তদি কৈদৌগে ?

তারিবা মমিসি,
নপুরোইবগী মায়খোওদা।

# ইপু থঙ্গাল

ইপু থঙ্গাল
নুমিৎ তারমদবা
অঙৌবা জাতিদো
কোরৌ মমি শামলক্নুনা
হনখ্রে মরানয়াইদবু।

য়ারে ইপু
থৌরী কোঙ্গোইদু
লংগ্রো লাপ্পা
সমুদ্র ঈরাংমা য়ৌনবা
ঙল্লরোই করি তৌরবা।

ঙসিদি নঙগী মণিপুরনা
নঙগী সনা লৈবাক্না
মথৌ তারক্নি অথৌবা নঙবু।

চীংনা কোয়না পনশাবা
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
শোন্নরব্রা
ইপু নঙগী পোক্লফম
য়ৈবদা মতমগী নোংৈনা
কিন্থখিগদৌরে
চীংশাং নাপোমশিংসি
কিন্থখিবগুম
লৈখোক লোইরবা
থঙ্গাল লৈরাংগী লৈনাশিংনা
মচোই মচোই।

মপা লৌ মপু লৌগী
লৌরী য়ুম্ফম মুন্নবে
চায়নপুংবু থোন্দ্রিঙৈ
মেরা থানিল অহিংদা
মুৎসি-মুৎসি ঙাল্লিবা
কোঙয়াংথক্কী মৈরাসি
উহনবীয়ুগবা হে থঙ্গাল।

খনম্রে ইপু
নুংশিরবা ইচিন ইনাওশিং
খাঙঙুথক্কী লাইনীংনা
চীংলেন পলংলাগুম
থংখ্রে অখৌবা
খূরবা রাজনীতিগী মীৎয়েংনা
মৈরা মাগী মঙালবু।

# নীংতম্বা নুমিৎ

লান লোইখ্রে

অঙাঙবা ফিরান পায়দুনা
মাঙদা চৎলি
অথৌবা কয়া,
শক্লদুনা নীংতম ঈশৈ।

অদুবু নুপীশিংদি
তেংথা-নাওই ইন্নরি
খোঙ্গুল-লীরদুনা
লান্দগী হল্লকত্রবা মপুরোইবগী
নমদা পোরদুনা,
পীক্লিবা মচাবু।

# কন্‌স্ট্রাক্সন নত্তে রিপ্যারিংনি

লাইরক হৈজ্জদবা
এম. এল. এ. অমা
মরী লৈনবা মন্ত্রীদা হ্নাকংলি
মাগী কেন্দ্রবু শেমগৎনবা।

মন্ত্রীনা হংই,
'শেমসি হায়বীরিবা লম্বীদু
কন্‌স্ট্রাক্সন ওইনরা
রিপ্যারিং তৌজৌরা?'
মঙক হাইরকই এম. এল. এ.
'ইবুংঙো মন্ত্রী,
রিপ্যারিংনি রিপ্যারিং।'
মখা তারকই মন্ত্রী
'তাই'ঙোবু,
উকৃ হাপচৌরা
কলভর্ট হাপচৌবা?'
এম. এল. এ. মখুৎ হাইবকই
'এ! ইবুংঙো
উকৃ ওইনা হাপ্পীয়ু
কলভর্টকা হাপ্পীনু।'
লম্বী শেম্বা লোইরে তাবদা
য়েংবা লাকই এম. এল. এ.
লম্বী উবদা, উকৃ উবদা
মনাতোন শজিং হৌরকই
ঠিকাদার লীচৈনা কৈছ্রে
'রিপ্যারিং তৌকো হায়রগা
অকুৎপা মেল্লগা তোকপা
উকৃ হাপ্পুকো হায়রগা
কৈনোনা তেপ্ চপ্পা,
শল্লা।'-

# নঙগী প্রেমগীদমক

শ্রীরাম,
বাপুজিনা পান্নরবসু
নঙগী রামরাজ্য
থোয়দারন্নবসু
নঙগী ধর্ম্মনীতি
কলি যুগকী নুজা ঐদি
ঝারৌদবা ঙমদে নঙবু ।

চহী তরামরি চূপ্পা
নশুংলাংগী উমং ঝামংদা
ঝানা মপুন্সি লেঞ্জরকখিবী
ফত্তবা রাবণ হিংচাবগী
মিহৌ লাংদা থুদুনা
কুমজা অমা চূপ্পা
আশোক বন্দা
নঙগী মিঙ্খেতবু শোঞ্জখিবী
পূকচেল মক্কুবী সীতা
খঙবী উবীদনা সতীগী থম্মোয়
নুপা ওইবগী নাপলনা
মীয়ামগী চিংন ঝাখলগী মিংদা
মৈনুংদা লংশিনবীখিবা
সতী থম্মোয় ওইবনা
কায়খিদ্রবসু ভক্তি
মায়থীবা নঙলবা নফমদা
নূংগী থম্মোয়
বিষ্ণু অবতার ফনা ওইজরবসু
ঐ নঙবু ঈরাৎনিংদে ।

শিয়োম্নুংদা
নশাগী ঈনা
মরু ঈহুন তমগ্রবী
পাঙ্গল শোনবী জানকি
নরুম থূপ্লা হিংজরিবী
খম্বল মৈখুনা মাঙওইনা
অফ-ফত্ত খন্থদ
অচুম-চুমদ য়েংদ
তপবন্দা হুন্দোকপীখিবা
করম্বা পৃকচেলনো রাঘব নঙগী ?

কুমজা কয়া
ইকাই ফিরুক খুম
খাইনা মৈশা লোক
নঙগী শাগৈ মুৎতনবা
লৈরাং লৈখোঙ শোমজরকপী
হৈরাং হৈখোঙ শেংজরকপী
জনক নিংথৌ মমোম্নু
ঙম্মী মতাঙ্গুম হৌজ থেংখাঙ
মৈবু ইক্কে থৌবাংবা
খাঙঙমগনি
করম্বা নুপীগী থম্মোযনা
সতী লক্ষা ওইরবসু ।

নশাগী নগুণ হেনগৎনবা
সতী ইজ্জৎ য়োনবাদ
হাকমল্লি রাম হাকমল্লি ।

নঙগী অত্যাচাবদা
খাঙঙম্বগী পাঙ্গল মাঙগ্রবী

লাইবক চাউবী সীতা
পাল্লঃ তম্বীদুনা নফমদা
চণ্ডশ্রবদা লৈবাক লৈমগী গর্ভদা
নুংশি খণ্ডবা শাদুনা
থম্মোয় পাল্লি উংনীংদুনা
মালেমদা নখোণ্ড থীন
কাণ্ডীব লিকুং থাঙ্গৎখিবা
হে ধর্ম্ম অবতার
অণ্ডকপা প্রেমনি নণ্ডগী ।

নণ্ডগী অদুগুম্বা প্রেম
মাণ্ডম্রি গুসিসু শ্রীরাম
ভক্ত কয়াগী চীনবান্দা
রাম সীতাগী মিঙ্খোনা ণ্ডাম্হোইরি
শৃঙ্গার রসকী গুরু শক্রোন্দুদা
মখোয়গী মীৎলু ইপোম হৌজরি ।

অদুবু অবাবনি
হে রাঘব
কলি নিঙোল ঐদি
নণ্ডগী প্রেম ভক্তিগীদমক
শুংবা য়াবা শুংলবসু
শিছুজগে ণ্ডমদ্রি
পিরিক অমত্তং ওইরবসু শুপ্নগী ।

# ঐ লাক্রমগদবনি

কোঙ্গোগী তোর্বানদা
নাশোন পীক্লা
তেঙ্গা থোংদুনা
শাদানবা চৎলিবা পিগমীশিং,

টুন্দ্রাগী লমদমদা
ইগ্লু মনুংদা
অতেকপা ঙা চারিবা
এস্কিমোশিং

লাকচনিংই ঐ,
নখোয়গী ননাক্তা
শরুক য়াজনিংই
নখোয়গী অবা-নুংঙাই।

অশংবা পম্পাস মরক্তা
চাক্তারিবা য়াউগী শঙ্গু
শান্নজনিংই ঐ,
চেন-চোংদুনা নখোয়গী নরক্তা।

ব্রা-ব্রা চেহ্নরিবা
গুন্ন-লোকচপ তম্না
এঞ্জেলগী ঈশিং চাইবী
ঈরু-শান্দেংজনীংই ঐ,
নঙগী ঈংল-লাইজদা।

সাহারাগী লৈঙোই সেক্তাথক
নোমহৌ-নোমহৌ চৎলিবা উটশিং

তোংদুনা চংচনিংই ঐ,
নখোয়গী নথক্তা
থাবলগী মঙালদা।

পাইখংখিগদবগী থৌরাংলিবা
স্পেস শটল
য়াওজনিংই ঐ,
নঙগী নোংমদোল খোঙচংতুসু।

করিগুম্বা,
পুম্নমদ্রবা য়োঙ্লিং-ফলাংনা
ঐগী ইখোঙ-ইখূং
থম্মীরমদ্রবা ফাজিন্দুনা
মম্র-চেকপলনুংসিদা
অদুগা লৈজবা থোৱম্লবা
শেল মহাক,
ঐ লাক্রমগনি শোয়দনা
মঙ-মঙবা তোক্লুনা
অশেংবা তাইবংদা
নখোয়গী ননাক্তা।

# নোংমদি

ইহাকথক,
মালেম নঙ
ওইরি
দুসাসন্না ফি চিংলিবী দ্রৌপদী।

ইচা হাক্তক,
কৃষ্ণগী ফি লোইখিদুনা
লেপ্লরগনি য়েংহৈদবা শক্তমদা।

ইশু হাক্তক,
হে মালেম লৈকোয়
শোয়দনা শরাক তম্বীরগনি
নঙবু মখোয়না।

# লম্বীদুদা

শিত্রবশিংদুনা ঐঙোন্দা,
বাহং কয়া হংলি
পাউখুম পীয়ু তক্করি
করিগী মখোয়না শিখি ?

শরু পোলাংশিংনা লাক্কুনা
ঐগী লম্বী থংলি
চংলু হায়রি ঐবু
অচুম্বা থিদুনা
অশিবগী লম্বীদুদা।

কখোকউ হায়রি,
ঐগী থবায়-হকচাং
তুংগী মীরোলগীদমক।

# মিংচং তাল্লু

মকক-মকক ককথংলু
ইমাগী অপুনবা শক্তমসি
মচেং-মচেং শেংতুনা য়েন্নৌ
অপোকপীগী হুকচাং কয়াংশিং।

অদুগা থকউ
থৌবোম থন্নসু
শিন্থুরকপা ঈখেণ্ডদু
পলেমগী হুকচাংদগী।

থওননবা মালেমনা নখোয়বু
মমা নীংবা মচানি
থাগৎননবা
নখোয়গী অণ্ডকপা থৌনাবু।

# জগোয়

অদুগুৈ
তেমগী জগোয় শাদুনা
লেপখি ঐনা অঙৌবা জাতিগী মাগুদা
পূকচাক্কীদমক ।

গুসিনা ঐনা শারি
কংলা উত্রা মাগুদা
শিবগী তাণ্ডব ।

কংলা শা
নঙ লৈরমদবা ফৈ
উফুল ওল্লম্বসিনা ফৈ
নংত্রবদি
নপি শিঙ্খরমগনি
খোঞ্জেল হৌনা তেংথারমগনি
নঙগী মৈতৈ চনুগী
ফি থোংদবা শাথেক্তা ।

মৈনম উতোং শেন্নবদা
খুতি পোম্ব খীংবদা
হৈগৎলবী ঐগী খূৎশানি
থোৎ নৌদ্রবী ।
অদুবু অদুম্মক থেকখিগনি
ঐগী জগোয় খূখেক্তি
লানপূংগী পূংলোনসিগা চাননবা ।

ঙাইরকখিবনি
অসুক কুইবা

অহিং লীক্লা খাঙদুনা
পুংলোন মানা লেপখিবা
য়েংলকখিবনি ইখৌ লাংনা
অমুবা অতিয়াসিদা
অঙৌবা খুনু পাইরকপরা ?

অদুবু কদায়
তারি ঐনা
লানগী পুংলোনসিনা
থিনগৎলকপা হৌনা হৌনা
উরি ঐনা
লওজাগী জগোয়সিনা
শাগৎলকপা হেন্না হেন্না।

# মুক্তি

গাড়ীষন,
চেল্লু কন্না চেল্লু
তিলাং য়োংলূরনু
অশংবা হানৌদা
মিতারুরনু
লূরবা লাইজদসু।

হৌগংলু, লেপখংলু
ষন্নবু যাত্রা ?

হিংচাবগী খূৎচাওসি
অমুকসু হাইগাংগ্রে শাজে
মতঙ মতঙ পেল্লবা
শন্ন পোলাংদুদা
শোয়রোয় হাইথরক্নি
হঞ্জিন হঞ্জিন।

চেল্লু গাড়ীষন
কন্না চেল্লু
মাঙদা লৈরে
ঙম্র লোকচপ।

# নুংশিং শঙ

ফাইরেন থা লাক্কে।

থাঙজৌ অমা পায়
লেপ্লি ৱাখোঙদা মনাওতোন
খল্লি,
মহৌশাগী অদুগুম্বদি য়াররোই
ইচা ইশু ময়ামসিগা।

নোং নুংশিং হৌরক্কে।

ফনা লাউজে
শঙ্গাবা কুইদ্রিবা য়ূমলোমদা
"খোরকউনে অঙাংশা
নুংশিংসি কন্দৌরিকো।"

ফৈজুপ চিংখৎনদুনা
নুংঙাই মঙলান মঙনরি।

চাউরবা নুংশিং শঙদুদা
মদোম ফল্লদুনা অহলদু
য়েংলি তাম্না
অহিং কয়াগী কুম্মৈ।

ঙসিদি লমহেনবা মশুশিংনা
লেন খুনবা চেহোক্লখিবগী
ৱারকখোন
খোরক্রে খুইরবা চীনবান্দুদগী।

# রিভিয়ু

খণ্ডনবা ইবা শৈরেং
খণ্ডবা ময়াম্না পারি।

ক্রিটিক্কী আনোক উপ্পশিং
মমীৎ লাওথোক্লুনা
ব্রাহস্থোক থিরি
খোঙথাং চহুম হন্দোক্লদুনা
অশেংবা ব্রাহস্থোক্তগী।

# দষা

ফেমিনিজমগী শৈরেং ইরুবদগী
ফেমিনিজমগী শৈরেং পারুবদগী
পুন্সিগী থাদোক্লোই
শিরসু শিমিন্নসি চঙলসু চঙমিন্নসি
শরী য়াশক পন্দোল্লোল্লবা
শাবি মাঞ্জ পাম্মুবা
চেনগ্রে মনীং তেকথোক।

ফেমিনিষ্টনা তান্নবা ফংলোইদবা
লোৎগ্রে ট্রেদিশনগী লৈওনকোমদা।

# ঈ থকপীগ্রবদা

ঐনা তূম্লিঙে,
ঈ পাম্বা কাঙশিংনা
ইশাদা চেল্লিবা
ঈ পূম্বা চিংথোকপীখরে
মখোয়গী পূকচাক্কীদমক।

হৌজিক্তি ঐ,
মীৎকপ থোরক্কে

অদুবু ঐগী হকচাংসিদি ওইরম্লে
শুপ্নগী শরু পোলাং।

# মীৎয়েং

ফাইবোক্লি মচিন-মৌপ্পাদু,
মমাদুগী মতম্বাক্তা
মৌপ্পানা খোল্লাং থক্লকই
মচেনা য়েক্লকই
খুৎশেমগী শঙ্গোম্না,
নোংমতা থকচবা ফংলক্তে
মমাগী খোল্লাং।

মীৎকুপ অমত্তা থানদ লোয়নরম্বা
মচিন-মৌপ্পা,
পুংকক চাউরক্লবা মতম
নক্লা তাম্নরকই।

অয়ুক্কী,
নুংশিৎ নুংশা লাংলবা
সরকারগী স্কুল অমদা
হৌখি খোঙজেল তপ্পা
মচেগী মহৈ-মশিংগী পুন্সি।
মৌপ্পাদুদি,
শেলনা থোং ওইবা
প্রাইভেট স্কুল অমদা
সুইট তাই পুনবীদুনা
মমানা থিনবী
খুৎশম্নবীদুনা নুংত্তি-নুমিৎ।
অহাঙবা মতম অয়ান্বা,
টুইসন তম্বদা
মথৌ চিল্লি মৌপ্পানা,
য়ুমগী কুপনোমদা

মমাগী থৌদাদা
মশৌ চিঙ্গে মচেনা।

মচিন মৌপ্বা,
মমা অমম্ভগী গর্ভদগী
নোংমম্ভদা,
খোঙদামিন্নরক্লবসু তাইবঙদা
ঙসিদি,
তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা
উরকই, য়েংলকই তাইবংবু।
মৌপ্বাগী মীৎতা,
উরকই মমাবু
লাইরেম্বী অমগী শক্তমদা।
অদুবু,
পিনা থল্লবা মচেগী মীৎতদি
উরকই অপোকপী মমাবু
হিংচাবী অমগী শক্তমদা।

অহিং মমঙদা
মচেদু চোইরোল লোল্লকই
'ইমা নঙসু নুপীনিকো'

ঙসিদি,
মৌপ্বাবু কোনবীদুনা
হিপ্লিবী মমাদু
ইশি-শিনা তূন্নিবী
মচানুপীগী তনৌরবী মায়থোঙদা
য়েংলকই অনৌবা মীৎয়েংদা।

# তিংথৌ

অশংবা তিংথৌগী লম্পাকুদা
মীয়াম অমা ফম্রি,
খরনা হিপ্রি
অমেঙবা নিংথমগী নুংশাদা
মশাবু ফৌরি।

অদুবু,
নছুংপীরবা তিংথৌশিংদুদি
শ্বর হোনবা ঙমদ
মচীঙাক চাবা ফংদ
য়ানা ঙাইহরি,
নুমিৎনা তাখিবদু।

# মমল

চাখুম থোক্লা
চাখুম চঙলুবগীদমক,
চাখিবগুম নঙনা নোংমা
অপোকপী নমাগী খুবাক
তসলিমা,
চারি ঐনা ঙসি
চৎনিংলুবগীদমক
লম কোয়বা
য়েংজনিংলুবগীদমক
শকখঙদ্রিবা মালেমবু।

খঙজরক্রবসু পোকঁঙেদগী
নাহি তাবা
খঙলে ঙসিদি ঐ,
মমল ওইনা নীংতমনিংলুবগী।

# অমংবা নোং

অমংবা নোংগী মঁপে অমা
লৈকংলাগী মথক্তা পাইরি
খৌগংলবা থব্রায় মচাশিং
মঙক থাঙৎতুনা য়েংজরি।

অদুবু,
লৈকংলাগী অশাবা নুংশিৎনা
হুমদুনা পুবীখি
অমংবা নোং;
সমুদ্রগী মায়কৈদা
মীৎয়েংশিংদুদগী তান্না।

# আশাদুগী ৱাংমদা

প্লেন পাইরকপা মখোল তাবদা
চেহ্নোক্লরকই খুঙ্গংগী অঙাং ময়াম
খোঞ্জেল হৌনা লাউরদুনা
'হো ! প্লেন, হো ! প্লেন
ঐ তোংগে ।'

অদুবু,
ৱাংনা পাইরিবা প্লেনদুদি
তামখি উনা-উনা
মাঙখি খোঞ্জেলসু তপ্না-তপ্না
অঙাংশিংদুগী খোল্লাওসু
নেমথখি অসুম-অসুম ।

অদুবু খুঙ্গংগী
ফি নিংথিনা থোংদবা নরাশিংদু
চেহ্নরক্লিবা,
নাতোনগী মহীশিং
চিংখৎপা কাউনবমখৈ
খোয়রাঙবা মীৎয়েংদা
যেংদুনা লৈরি লাংতক্লনা
প্লেন্না পাইখিবা মায়কৈদা ।

# ব্রাহং অমা

লৈমায়থক্তা তারি
চাগী লাইফদিবী অমা,
মফি-মরোল
ঙম্না লৌথোকপীদুনা
য়েংহৈদ্দবা শক্তমদা।

নুপীমচা অমা,
মতৌদু উবদা
ফনেক ফিজিনা খুমজিনখি
য়েংহৈদ্রবা শক্তম
মতা লাইফদিবীগী।

অদুগা,
হংলকই কপঙাঙদা
'হায়য়ু, ইতা
কনানা নঙবু
ইজ্জৎ মাঙহনবীরম্রিবনো ?'

# ঐ ঙাইরি

নোংথাং কুপশ্রে,
থক্কৎলবা মঙালনা
ঐগী মীৎতা
ঈঙ্গিৎ পীরকশ্রে
মীৎকুপ অমগী মতুংদা
শোয়দনা থোক্লগদবা থৌদোক্কুগী।

অদুবু ঐদি,
অহাঙবা লমহাঙসিদা
নোংলৈ-নুংশিৎ মরকসিদা
লোংনা য়াতাদুনা ঙাইরি
থৌদোক্কুগী ফল
শংত্রিক য়েংলদুনা
নোংদোলথক্তা।

# খুদোলসিনা

হৌজিক্তি খঙলে,
শিরবনিনা নঙ
শোয়দনা ঐসু
নতুং ইল্লগনি।

নঙগী পোৎলোইবগী মৈরীসিদা
চোংশিনবমক ঙমদ্রবসু ঐনা
সতী কন্যাগুম,
শেম্বীরম্লে মাঙজৌননা
পোৎলোইফম অমদি ঐগীসু
নখূৎমক্লা চূবীরদুনা
সংস্কারগী মৈরী।

মৈকিবীগুম মৈশা খাঙঙমদা
ফনা হোৎনজরবসু ঐনা
চোংথনবা মৈরীসিদগী
ঙম্রোই কঞবা ইশাবু।

# নঙবু নুংশিরুবনা

মহৌশা,
ঙাওদবদি নত্তে নঙবু উবদা
চাউবা, কমলনা ঙাওখিবগুম।

ষ্বার্ডসৱার্থ, সেলিবু
শুমহৎখিবগুম,
শুমহৎতবা নত্তে ঐবুসু
নঙগী ঙক্র শক্লোন্না।

অদুবু মহৌশা,
ঐ ইররোই শৈথাদুনা
নঙগী নিংথিববা শক্তমবু।

ঙসিদি ঐ,
শিধদুনা ইবগে
নঙগী ফজরবা খুৎশেমদা
তত্তনা চৈথেং পীরিবা
অওন-অওন চারিবা
মনীং তৌবা মীওইবা
মখোয়গী মরমদা
নপৃক্লিং পেঞ্জনবা নঙগী।

# নঙদি নুপানি

ঐ
ফনেক শেৎকে
অদুবু নঙদি
শেৎনিংবদা শেৎপীয়ু
অদুম্মক য়াওবীয়ু
মতমগী অহোংবদা
চাওখৎপগী ঈচেলদা।

ঐ
পূক্লিং অনী লোঙজরোই
অদুবু নঙদি,
ওইবীয়ু তরাগী মপু।

করিগুম্বা নহাক্না
লাইবক থীদুনা লৈখিদ্রবা
ওইহৌরবা ঐনা লুপ্না,
ইপুন্সি চুপ্পা
লেঞ্জগে শিরাংলক্তা
নঙগী নীংশিং শক্তম কোন্দুনা

অদুবু,
লাইবক ফবী ওইদুনা ঐনা
হানখিবা থোক্লবা,
লুহোংবীয়ু অমুক [illegible]
ঐগী ফিরোয় নংনবা
হোৎনবীয়ু ঐবু কাউবা ঙম্নবা
পুন্সি লাইমন ওইদনবা।

# খুল্লং লমন

“ইবুংঙো প্রধান
ইনেগী চেসি
ইবুংঙোগী শোই অমা চঙমান্নে
খরা অমুক্তা তৌবীয়ু।”

“ইনে হবেন্মা
তৌজগে তৌজগে
নয়ানা প্রধান ওইজবা
ময়াম সেবাগীনি।

তৌবতবু
ভোট মতমদা
শেন্দোই য়াওদনা পুবীখিবা
লুপা চনিদুদংদি
হান্না শিংদোকপীরকখো।”

# য়াথং

লৈতোন থদংপীগ্রবা
কীচক্কী শানৌতোন
লেপ্পি হংগী মীগুম
লূ লুকথদুনা।

পাগুবকী ভীম্মা
শীরকপা মরাল খূদিংদা
নোগ্নি মণ্ডক।

লেঙখিদ্রে মখোঙ মখূৎ
লাউখিদ্রে মরোল মরী খঙদবর্মখৈসু।

শ্বর ফাওবা
লীক্লা হোঞ্জদুনা
ঙাইরি য়াথংদুতবু।

# মীনাই ওইরি মীওইবা

মীওবইনা শেমজবা খুৎশেম্না
মীনা শাজবা শেলনা
ঙসিদি ওনখৎতুনা মীওইবদা
থগ্রি মাবু খুবাম নুংদা
চল্লি মাবু য়োট্টিং ফলাং
চৎহল্লি চাবী থাবা ঘড়ীগুম।

শিংই পোওজরিবা মীওইবা
মশানা মশাগী মখোঙদা
য়ানশিঞ্জদুনা শীংজঙনা
থক্রি শিন্থরকপা ঈথেং
পেনবা নাইদ্রবা চীনবান্না
থনবা কৌদ্রবা মবুক্তা।

নিংথৌনি খঞ্জরবসু মশাবু
কুশি তৌদুনা পাল্লবসু
ওইরি মাদি মীনাই
মশানা শেমজবা শেলগী
নিংথৌগী মকোক নিংথৌরেনগী।

# তায়োম্নরবা অহিং

অহিং,
মৈত্রবাক্কী অথেঙবা অহিং
অহিং নঙগী নতম্বাক্তা
চুরাছ্বাবশিংনা মনীং তল্লি।

অহিং নঙগী নশাইগোন্দা
মমাগী মথাদা য়াতাজরিবা
থম্মোয়গী লন কয়া
শেংত্নুনা পুবীখ্রি
মতমগী লাই খূৎশাংবীশিংনা।

মচা কায়নখ্রবা
মপুরোইবা শেংনখ্রবা
লমদমসিগী নুপীশিংনা
শক্তি ঙসিদি,
অমম্বা অহিং নঙগী নথানুংদা
নাউশুম ঈশৈগী মহুত্তা
য়াকাইরোলগী ঈশৈ।

# শরন্ন পীবীয়ু বুদ্ধ

বুদ্ধ,
পীবীয়ু নঙগী শরন্ন
ঐ শান্তিগী বোম শাগে
মতমগী খুৎচাবী খুৎলায়
লাম্লেংনগে ঙসিদি
নিউক্লিয়ার বোমগা
নঙগী শান্তিগী বোমগা।

অদুঙৈ দখিচিগী শরন্ননা
বজ্র শাদুনা মাঙহনখিবগুম বৃত্রবু
কঞ্জখিবগুম ইন্দ্রনা লাইয়াম্বু
লাক্ল-ফান ঙমদ্রবা
ঙসিগী লান পান্নশিংসিদগী
কঞ্জনবা মীওইবা খুন্নাইবু
ঐগী তাইবঙ মালেমবু
দান তৌবীয়ু শাক্য মুনি
নঙগী শরন্ন !
নঙনা পামজবা শান্তিগীদমক।

# ঈ চোংনি

য়েংউ তৌরিবসি,
ঙরাংতা চীন কাওজে শান্নরম্বশিংসি
খুল্লক্কী নুপী অঙাংগুম,
ঙসিদি কয়া নুংশিনরবা !

শোক্লরিবা মখূৎ অনীসি
কয়া চেংনা পায়নরিবা
মুন্না অমুক্তা য়েংহৌ,
নোকপদি নোকশিল্লনুকো
নাকলদা য়েপ্পরিবা থাঙশিংসি
ইকাই খাও শংতোক্লক্লবদি
ঈ চোংনি ঐখোয়সু।

# আত্মা শান্তিগীদমক

নীঙওমদ মীৎলু পিরাংলক্তা
শিঙমদনা শিগ্রবী
মালেমগী নুপীশিংগী
পেন্দবগী ৱাকৎ ময়াম
শন্তাইনবগীদমক,
ফগ্রি ঙসি লোক অদালত
লোক্তাক পাৎকী ঈরোন্নুং।
কদায় সীতা থেক্লকউ
লোৎতুনা লৈগনু পৃথিনুং
দ্রৌপদি নঙসু কুমথরকউ স্বর্গদগী
চোংথোরকউ কন্যা নঙসু মৈনুংদগী
ফাওগৎলকউ থম্বালনু নঙসু
লৈশাংখোং থিঙেলদগী
থৌরী কোঙ্গোয় লৌথোক্কুনা
লাকখো পেমচা নঙসু।
মখোয়তা নত্তে ঐনা কৌরিবা
লোইনা শুনা লাকপীয়ু
লানঙমদনা লানথ্রবী নুজাশিং
পৃথি মালেম পুম্বগী।
ঙরাং-নহান্তা
অমৎ য়াইখোং কুমখিবী
তম্ফাসনা, নিলম, চনু রোজ
লোইনা য়াওবীয়ু নখোয়সু
ঙসি লোক্তাক ঈরোন্নুং
লাংলেন থাদোই থোইবীনা
জজগী ফম্ফমলাং লেঙশিনবী
পাঙথোক্কদৌরি লোক অদালত
লোইশিনগদৌরি নমশিনথ্রবা কেসশিং
নখোয়গী আত্মা শান্তিগীদমক।

# বিবেকানন্দ

নঙগী মায়থোঙদা
য়াওরি মঙাল অমা মুক্তিগী।
নঙগী মীৎয়েংদা
য়াওরি শক্তি অমা
পাম্বু চাকথেকপা ওন্নগী।

অদুননি,
নঙবু উরু মীৎকুপ্তা
ফংলক্লিবসি মন্ত্র ৱাখলদা মঙাল
মীৎচানরুবদা নঙগী মীৎয়েং
চাকথেকখ্রিবসি পৃক্লিংগী পাপ।

# হৌনবী

মী মচা মী মচা
মী মচানা চংজি লম্বী মচা।
মী মচা মী মচা
মী মচানা ঙাঙই ৱাঙাঙ মচা।
মী মচা মী মচা
মী মচানা খল্লি ৱাখল মচা।
মী মচা মী মচা
মী মচানা তৌই থবক মচা।
মী মচা মী মচা
মী মচানা য়েংই মীৎয়েং মচা।
মী মচা মী মচা
মী মচানা মঙই মঙ মচা।

# য়ুনিভর্সেল ট্রুথ

অকনবা নঙ ঙসিসু
অসুম শক্তি অচুম্বা
পাঙ্গনবা নঙ হৌজিকসু
অসুম ওইরি নিংথৌ
পীওমগ্রি কনানসু
নঙবু মায়থীবা।

ঙসি,
য়েপনগী মিংদা
ইজ্জৎ মাঙহনবীরবী ইরাক
ওল্লি য়েংহৈদবা শক্তমদা
মনিং থুংলবা অমেরিকা
লেপ্লি মকোই নান্দুনা
কনানা কৈদৌবা ঙম্লিবা ?

শক্তি অসুম
অকনবা নঙনা অচুম্বা
তাবি অসুম
অশোনবা মাসু অরানবা।

# হল্লকখিদ্রবা ঙামী

তাইজেল কাইবা চংখিবনি
তাহের অলি
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী।
'করয়ো নহাক্পা
নুমিৎ তাদৌরেমি
হৌজিক ফাও হল্লক্তবসিবু ?'
মকুম থা শুরবী
বেগমনা পীরোয়ননা য়েংলি
মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা
পাংকী মায়কৈ।
হল্লকপ্রা হল্লক্তা
লাকপ্রা লাক্তা
হৌজিক্তি
কেকু লোংখ্রে অপানবসু
নোংচুপ চীং মরুমদা।
চাকঙন চারগা
খুনগী শঞ্জাবুংদা
ষনবু শেল্লুবা
তৌরককোমদা
তৌবু য়াল্লুবা নহামচাশিংসু
মহনফমদা হল্লক্কে
মতেফমদা তেরক্কে।
'হায় নহাচৌবা
নঙগী বাবাদু
ঙসাই লূ কাইবা চংখিবদুদগী হল্লক্ত্রেমি
কমদৌগ্রজাংনো ?'
হ্মাং হন্দোক্লিবা মচাদা
পাউবু তমজে সহিদা।
'ঙসিদি ঙাচঙ থৌইদা
নহামানা হরাওজরনি

অব্দুলগী শেন্দুদবু শিংবা গুন্নদি
অল্লাই কসম শেষ্টো কনগ্নবা !
নজিরদুনা
বাবা ইস্লামিক্তা তমগে হায়দুনা
মখোঙ থীন কপহৌরি
নিংঙাই ফংখিদ্রবা নহানেমি
কনা ঙমদোইনো
অল্লাহ্‌নদি দর্জন অমা পীশিল্লে
পূকচাক হুনবা ঙমদ্রিঙে
স্কুল ফ্রী কদায়' লৌরুনি ।'
ফুম্না ফুঙ্গিলগ্নবা হিরমদু
ইল্লি চৈঙাক থাদুনা
হুম্নিগী মমাঙদা থুগ্নবা
লূফম মশীং থিরদুনা তাহ্নের ।
মখূৎতা থাঙ্গোল পায়খৎতুনা
অনৌবা লূফম শেম্রিঙে
নিংদুদা শংচীক চীক্রকপ'
ককচেং নিংদুম্বীগী চৈনাখোলদা
তাখিবা খঙহৌদ্রে লৌখাও থাঙ্গোল ।
চৈঙাক মরেপ য়েং
পংলু লুবা নত্তে খন
মফি ঙম্না লৌথোক থম্মী হিরুদা
ফিনুং খোঙগ্রাওদুমত্তংগা
চোংথখি লাইজ ঈরোম্লুং ।
লৈম্নে নত্তা লৈম্নে শা
থিবা য়াবা থি
মাবা য়াবা মা
উচিন নাচিন থেংন
থাংজম থাঙ্গোল
খূৎপায় চেংনা পায়
ফাওগৎচরকই অলি
মনীং তম্বা নুংশা শ্বর অমত্তংবু

লাইনীং ওই।
অদুবু কদায়
ফুমগী ফুম মক্তা
শেংতুনা ফাকুনা
যন্না হোৎনজৈ
লম্বী অমত্তং লম্বী অমত্তং।
তুঙ্গোলনুংগী লৌশ্রেনা
নোক্লি শিথ শিথ
অলি মতৌ য়েংলগা
'কমদৌই তাহের
ঙসিদি নঙসু
লৃদা চঙলেদো।'
পুন্সিগী হিসাব পৃন্না হোৎ
থৌনা ঙম্না পুথোক
লৈহোৎপথক্তা নেৎ
হনুমান্না চীংদুম থাঙ্গৎপগুম
ঙমজবীদা ইনখৎলকই।
ঙসিদি
মপান মচুম চাদুনতা লাক্রবা
হকোপ লাহজ পৃকতম্লী
মবুক পেন্না পীথক্লিংলমাল্লে
মনীং তম্না চেনশিনখ্রি
তাহেরকী নাতোন মখুনশিংদা।
থাশি অহিংসিদা
তান্না কৌরি
খুনগী খুন্দোন্দা
'নহাপা নহাপা
হো বাবা বাবা'
ঈরোন্নুংদা চুমথ্রিং লেপ্লদুনা
তারি তাহেরনা
মীকৌশিংদুবু।

# চাংয়েং

চন্দ্রজিনি,
নঙগী হেমানপতদি
শুপ্নগী শক্নোন পুরম্বতনি।

অদুবু ঐগীদি
লেঙদ্রবা শক্তমনি।

সতীত্বগী মৈফমদা লেপ্তুনা
মীনুংশিগী ঈযুং ঈহৌরক
থাদশ্রবসু নঙনা থাঙশাংদু
হকশ্রবসু বরমালা
খঙদে জিনি,
লৈগদ্রা থৌনাদু
কলি নিঙোলগী থম্মোয়দা ?

সতী কন্যা ফনা ওইজনিং
কাখৎলুবা কৃথক
খাম্নী মৈশা খাঙঙমদ
চোংথরকখিবী মৈকিবী
করি পাউখোংবু চল্লম্লিবা ?

# মঙদা

নঙক তেকপর্মখে য়েংখৎলু
ঙন্নবা ৱাংলবা চীংদোলসিদা।

নমিৎ উইশিন্দুনা কাখৎলু
নকোক্লা য়ুংনা।

নঙগী নখোঙ
নঙগী নখূৎ
তৌহল্লনু মথৌ অমত্তসু,

নঙ শোয়রোই য়ৌবা
চীংদোলসি।





হাওবীজম চনু প্রেমা, উচিবা রাংমা মমাঙ লৈকায়দা খৃ: ১৯৮১, মার্চকী তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিত্তা হাওবীজম য়াইমা মৈতৈ অমদি সলাম মালিকা লৈমা অনীগী মচা মশা (নুপা মরি, নুপী অমা)গী মনুংদা ইতোন তোনবী মচানুপী ওইনা তাইবঙ খোঙদারকখি। অইবী অসি মণিপুর যুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুরদা এম.এ. (মণিপুরী) লোইরবা মতুংদা হৌজিক হৌজিক এম.ফিল.গী মহৈরোয় ওইরি। UGC না লৌবা National Eligibility Test (NET), 2006 তা ক্বালিফাই ওইরবীনি।